অফোংবা ঃ—

বি, বি, পব্লিকেসন
ইম্ফাল

অহানবা থুংনম, মশীং ১,০০০

মথুম য়েকপা অমসুং পুথোকপা ঃ—
টি ঐচ, তোম্বী সিংহ



মমল ঃ— লু: ২.৫০

শান্তীকুমার শর্ম্মনা গোপাল প্রেস, ইম্ফালদা নম্বা— ।

'খুদীংমক ওইনিংনা অদু ওইরশনু
নঙগী হাখলদা ঐনা মঙজবা ফংলবা মঙ
করী অমুক কান্নখিগনি ঐনা অমুক মিকপ থোক্নবগী'

# য়াওরিবশিং

# কা মনুংদা

থোংনাও লোন্দেনে ঐগী কা ;
মমাংগী হৈনৌ মপাল মরক্তা
খোইনীংগী মঙক নোম্না শকলকপা ঈশৈসু তাই
ঙাইহাক্তবু য়েংজবা শংজরুদে ;
তপলপ্পা চৎখিবা নিংথৌগী শগোলগী খোংথাংসু তাই।
চেক চল্লবা ফক্লাং মনুংশিদা
অঙকপা খোঞ্জেলনা হংনরকখি
কনানো —, কনানো —, কনানো—
কিবনা নিক্লহুনা ফক্লাংদা নপশিন্দুনা লেপ্লুই
ঐগী কা অসিদা।

থৌনা মথোন মথোন হাপচিজ্জরদুনা হংলুই
ইখৌ পোংলপ্পা
'মী তাদ্রবা মফমসিদা
কনানো রাহংগী খোঞ্জেল থোকহল্লিবা ?'
ঐগী রাহং
ফক্লাং অমদগী অমদা চোংদুনা শান্নখি।

পাউখুমদু অসুম্মনি—
খোঞ্জেল,
অঙকপা খোঞ্জেল,
অঙকপা রাহং,
ঐগী রাহং— ।
মুংথিলদু অসুম্না অসুম হৌখিবনি ।

'তফা সাহেব ! হো তফা সাহেব !
ঐ কাসিদগী মপাল অমুক্তা থোকচগে
তাবীরিব্রা মুমিৎ তাদ্রিবৈঙসিদা ।'

মপান্দা
কাসিগী মপান্দা সমুদ্র খোংবান্দা
করিবু তৌরুগবনো ............ ।
লৈঙোইগী দোলান নমথাইখিবা
ইথক কারকপা মতমদু হৌজিক্লি ;
মিপাইরুদ্রেদা, মুংনাংলুবসু লৈত্রে,
য়েংবদি য়েংনিংলি
মহৌশাগী লৈঙোইদু অদুম লৈরিব্রা — ,
মুং ওনথ্রব্রা ?

য়োৎকি থোং ৱাংমদা
যমগী চুত অমনা লাওরকখি —
"নম্বর ১৮"।
"হজুর"
চুত অচু অচুমক চৎখি।

ইহে! য়োংগী থীবোঙনি,
কাওহৌরবনিনেসে—
'হো তাব ৱিব্রা
কনা কনা লৈবীবগে
ঐ কাসিদগী মপাল অমুক্তা থোকচহৌগে;
তাবীরিব্রা, নুমিৎ তাদ্রিঙৈসিদা—।'

অস: চ: ঙসাইনা নুমিৎতারমলেনাসিগি
মীথীবোঙ মীতমবাননিদহৈ শিংজোদা অচুম।

# কীন্থরবা শরূ পোলাং

অশীৎ অৱান থাগী লক্ষাংগী মল্লবা য়ুমদা
য়ুমথক্কী ইনা ময়াম জগোই শারে
লৈখাঙ চারবা য়ুম্বী কোকপী ঙাওরে।

শাইজিনগী মহুম হুমদোকখ্রবা
শেন্দ্রাং মতৈ মনাও চীলোক্লে,
ফুইনা শিৎপা নুংশিৎকী অতনবা মিকুপ্পা
কীন্থনীংলবা হুমদাং মথক্তা, মিকুপ অমত্তং
হিংবগী মমল তাক্লি ;
লৈমায়দা
শেন্দ্রাং মচাগী পুমনান নানবা হকচাং থিবোঙ থোক্লে
অনৌবা ঈগী অশাবা ঈহীং নম্লি অকোয়বদা,
চোইরবা হকচাংদা ককচেং শঙ্গু অমা ভন্দ্রা ফুরি
হিংবগী মচাক থিরি—।

চাগনি থৱনি কাউরদুনা
মেরী অঙাওবী ঈশৈ শক্লি, কীন্থরবা ফক্লাং নাকন্দা।
য়ুমথক্কী লৈতাদ্রবা ইনা ময়াম, চোইনা-চোইনা চাইথরি।
ঙাওরবা ফাইরেনগী নুংশিৎনা
ফক্লাং অহোবদগী ঙংলদুনা পাইশিল্লক্লি
শেগায়রবা মেরগী ফীজি ফীনাদা
ঙাথু-থেংথু ঈশৈ ঙংলুরি
কামলবা নুংশিৎশিনা, মল্লবা য়ুমসিদা—।
অদুগৈ
য়ুম অসিদা লৈরম্বনি
খোঞ্জেলফবা খরা, চাক তাঙবা চহীদুদা।
চেঙ মরু অমা পক্তবা
কোকফাই কারবা চেঙফু মথক্তা ফমদুনা
চায়াম চেনবী অমনা
খোঞ্জেল রাংনা ঈশৈ হনখিবনি।

নুমিদাংজু

ঈশৈনা থনগৎলবা পূক্না
তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা
মঙ্গে থেঙ্গু য়াইওইবা নীংশিং-নীংশিং
কু-কু খোংদুনা তুমথখিবনি
মিকপ থোক্ত্রবা য়াহিপ অমা—।

নোংজু-নুংশা খাঙদুনা
কুইনা লেপল্লবা মল্লবা য়ুম
ফৈরেং-তুরেং চোলোম তৌরে
ঙাওরবা ফাইরেনগী নুংশিত্তা
য়ূমথক্কী ইনা ময়াম চোইনা চাইথরে
লৈথাঙ চারবা য়ুম্বী কোকপী ঙাওরে।।

# কাওঙমদ্রবা মহাও

মদোম পাইঙমদ্রে য়ুরাল
অকনবা শাফু ফংলবদা
ঙাওনা হুমলকপা মালংগী

ফুইয়বা মুংশাশ্বর হোল্লদুনা
পামজবা কোটি য়েংজরদুনা
পামজরুদা থাইনরে নিংজবগা হকচাংগা।

য়োন্থোকচয়বনি মশাবু পিরাংদা
চনশিনজরদুনা মঙগী য়োক্লিং
ওইজরবনি মিনাই নিংজবগী।

মুংশিনা য়েংবীবা মিৎয়েংনা
চানবীনা নানবীবা খুৎশানা
তুং ওন্থোকখ্রে কৈদনো 'মা
মাইথিয়বা মুংশি জুরারীশিদগী।
য়ুরাল শাগল হীকথজরে
মরালসি হন্না হন্না তৌজরি
নিংজবদু মাংহনখিদ্রি কোক্কগী।

কৈগীনো মানা
ঙাওনা হুমলকপা মালংগী
ফৌরোয় য়েংনা পাইখিদ্রিবা ?
থাপ্না পুথোকখি,
লাপথোকখি, অসুম—, অসুম— ।
খংজদে মঙলা তাইবংলা
মঙগী মহাও
তাইবংগী মহাও

পুথোক্কে লাক্লৈ খেৎনবদু
লৈতাদ্রবা থরায় হকচাংদা।
অদুবু
লম্বেলদা খুন্দারিবশিংদুগী
হাপ্লবা পুক
তিংথোক্লিবা খুৎশা
কংলবা মিৎয়েং—
খংজৈ হায়রশিরা
মঙগী মহাও—
তাইবংগী মহাও—
পামজরূদা খাইনরবদা নিংজবগা হকচাংগা।

# নীঙাই, নীঙাই

ঙাইরিবসি মাবুনি
অস্থম অস্থম খুজীল্লক্লিবা
পিক্লবা লম্বেলসিগী নাকন্দা ;
মহাক লাক্লগা
খুরবা লম্বেলসিগী নাকন্দা
খজিক্তং হাংলিবা মফমদুদা
ন্নুংশিবগী পূজা তৌরুনি।
অদুগা
ওমচাক্লরবা ন্নুমিদাংৱাইরমদুদা
মপাল নাইদ্রবা সমুদ্র খোংবান তন্না
হেক্তমক হৌদুনা, চেনখিনি-চুমদ্রীংনা,
"চেনখিসি·চুমদ্রীংনা"—।

নোংমা নত্রগা মিকুপ অমত্তং ওইরবস্থু
চপ লেপ্লিবা অতিয়া অসিগী মথাদা
অস্থমক চৎকনি, পঙচত্তা চৎনি ;
"পঙচত্তা চৎশি"—।

খোং অসিনা পুবা ঙম্লিবমখৈ
কদাইদনো অমা অস্তমক চৎনি— ;
“পঙচত্তা চৎশি”

চোকথরবা হকচাং ঐখোয়গী
ও ! স্বর অসিনা লেপ্লীং-লেপ্লীং
মতাঙচুদা
চোকথরবা থরাইগী হুংশি ঈশৈ
চোকথরবা ইবানিলা, পঙশক্তা শকনি,
“পঙশক্তা শকশি”

# শকখংদবী

মেরা রাখিনবগী লীক্লোল অহিংদা
হঞ্জিন হঞ্জিন শাগ্রবনী রারী
শক খংনদবা নঙ—ঐ
ঐনা কয়ারকস্থ হন্না হন্না হায়জগ্রবনি
কুইরবা রেকোর্ডকুম
নহাক্কী মীনোক্তু অমুক্তুংদংগা তাহল্লু
অদুক্তুংদংগা তাহল্লু
অমুক্তুংদংগা তাহল্ল ।

নহাক্সু তাহনখি হঞ্জিন হঞ্জিন
নঙ-ঐ ঙহাক লোন্দিনরিঙৈ— ।

নোংমনা
ইতোম্মতা নোংঙাল্লমদাই পুংজাদুদা
কোক চীক-চীক লাওবমথৈ
হঞ্জিন হঞ্জিন খনগ্রবনি
শিঙ্গারৈনা নোক্লা কেনখিবদুগী.... .... ।

ঈংলবা নুংশিৎনা, মেঙনা নুংশিবা মনমগা

হকচাংদা থেংলরবদা করেম্মনা ;

তকশি শোনগ্রবনি কল্লক পেন্না

মিকুপসিদা লৈরম্লবদি পুন্না

অদুঙৈগী শকথংনদবা নঙ-ঐ .... .... ।

মিৎয়েংনা পুরিবা ৱাহং

হোল্লিবা স্বরসিগী মরুমদা লোৎলিবা অশা

খঙলমলরোইদ্র ৱারুরবনি।

হায়নিংখিবা ৱাহৈ অমত্তনি

নহাক্তি হান্না খংলম্লে

নহাক্কী হোনদোকপ্রবা স্বরনা সাখী।

অদুগক্তগী ওইরমগনি

নহাক্না নোক্না চৎখিবদু

ঐবুস্ত তিকি হৎলম্লগা,

স্বক্লোক নোক্লীংদনা নোকহৌবনি ঐ

চীং-লেম্না ফম্বরীবা অখীনবা মুত্তিশিংগী মমাংদা

ঐনা নোকপা হন্থরকপা

নহাক্না ঙক্না য়েংলম্বা ঐবু

কয়া ঙকহৌরবা ঐহারা— ।

অমুকথক্কা

নঙ-ঐ থেংনখিবনি কৈথেলগী পাথোক্লবা মীরক্কা
নঙগী ফিজেৎ ওল্লম্মে,
শাজৎ হোংলম্মে
নৎপু নল্লবোই নীলুরে ;
ওল্লমদ্রিবদি নঙগী মিনোক্কুনি ;
কয়া নিঙমহৌদ্রবা
মিনোক্কা স্নমহৎলিদৈ —,
নঙনা মীরক্কা মাংখ্রবদা— ।

লৈরিবসে ডাক্তরগী হীদাক ওাক্কনি
কাপ্পবা, থরবা, চানবা
মখোয়শিংগী মতেংনা হিংলিবা ঐ—
ও ! হোইনে ঐদি শিখিবা কুইরবনি
মীনোক্কা শুমহৎলিদৈ, নঙনা মীরক্কা মাংখিদৈ ।

মিৎশাং কারবা মশেন মরাংলবা,
মমি শান্নবা মিৎয়েংসিদা হৌজিকস্ু উরি—
নোংম ফাও-উরবা গিলাসকী রাংমদা
ঐবু খুৎ-হত্নুনা কৌরম্মগা

নোক্লা নোক্লা চৎখিবদো
ঐনা লাউহৌই "কদায়দনো, শকখংদবী,
কদায়দনো চৎলিবদো তাক্লম্মু"
নহাক্তি তাখিদে
নোক্লা অদুমক চৎখি .... .... ।

হৌজিক্তি
শিগ্রবা ঐগী খোং-খুৎ উন মপং ওইরক্লে
ঈচেল লেপ্লবা মাল্লে
ডাক্তরগী হীদাক্কী ভাবলো কোন্থরক্লে,
মমি শাগ্লবা মিংৎয়েংস্ত মমথরক্লে,
শকখংদবী !
নহাক্কী মিনোক্তু অমুক্তুংদংগা তাহনবীয়ু
সে হন্দকমুক্তি শোয়দনা খংলনি
নহাক্লা নোক্লা চৎখিবদু কদায়দনো
সে শকখংদবী সে
অমুক্তুংদংগা তাহনবীয়ু মিনোক্তু
অমুক্তুংদংগা তাহনবীয়ু
অমুক্তুংদংগা তাহনবীয়ু — ।

# য়কাবুংদা

তাও

হন্দক্কী ঈশৈসিগী স্নুরসে
স্নুর অসিদগীনি
নুংগী থমোঙ্ঈ মহী চেনখিবা,
কংলবা সাহারা মায়থোঙদা
বসন্তগী মমি তাখিবা
অদুগৈ স্নুর অসি পুবা নুংশিংনা থেংলুবদা।

মসিগা হেক তিন্নখিবদা
কয়াদা হরাওনা নোক্কদোবা
খুংশন্নরা চেনশিলক্লবা ইবানিস্নু
অমুক মঙফাওনররোইদোবা মঙলৈবাক্তা
য়াম্না তোঙানবা ইবানিতগী ওইবা মফমদুদা।

মপোক কয়াগী তোঙান তোঙানবা ঈশৈ ওইরবস্নু
স্নুরদি অমঙনি নঙ-ঐগী নুংশি রারীগী,
ঈশৈসিতা শবলুরগদোবনি নঙ-ঐনা— নঙ-ঐনা।

*   *   *   *

## মরক মরক্তা

মিপাইথিগল্লবী নরাইহেন্দুনা ঐঙোন্দা
হংলক্কনি অমুক্তা হংখিদ্রিবা রাহং কয়া—
পাওখুম ওইনা নঙ-ঐ নোকমিন্নখ্রবনি
নোকপগী অরোইবা থমদনা—,
নুংথিল অমসু
তথক তথক্রা হৌদোক্লনি ঐবু
'য়েঙো অসে, নোং নুংশিৎ লাক্কদোরে'।
ঐনা নোক্কনি ইত্তোম্মতা
সংসার অসিগী মায়য়োক্তসু লেপচৌ
নঙবু নতু নাম্মা শোকহল্লোই
চৎলিবসে ইবানিত্তনি
খুনাম খুনাম তারমলিবশিংসিগী রাংমদা,
মফমসিদদি নঙ ঐতনি
মফমসিদদি খোঞ্জেল অমুক থোকলুদ্রবসু
থম্মোইগী রাহৈ থম্মোইতনা তারবনি
মফম অসি য়কাবুংনি লোন্থোক্তবশিংগী
য়াম্না থাপ্না লৈরিবসে
য়াম্না য়াম্না থাপ্লদা—।

## নোংঙাল্লো, নোংঙাল্লো

ঐগী অৱাবগী ঈশৈ অসিদা
ঐগী খোৌৱাংলবা পুংজা অসিদা
নহাক্না ইনাক্তা অমুক্তং লেপীৱৱো।

তৱং অসি ঙমখৈ লেপত্রবস্থু
তৱং অসি লৈৱিবমখৈ লৈখিশনু
ঐগী পান্মুবা লৈখিশনু
ঙাল্লিবা নুমিৎ অসিনা
পুমদুনা মতৎ মতৎ মাংগ্রবস্থু—।

লমথুংগী অৱেপ্পা লৈত্রবা খোংচৎসিদা
চৎমিন্নসি চৎমিন্নসিকো ;
ফজবা ময়ামগী মৱকসিদা
মিকুপ অমত্তং ওইৱবস্থু ইনাক্তা লাও
মিকুপঅমা নংবু থাদোক্লৱোই ৱাশক্লবা'নাক্তা

নঙদি তমথি

অদুগা খাগৎখি পল অমা ইবানিগী মরক্তা
অয়ুক নুংথিল নুমিদাং নমিংদুত্তবু
শোলহৌরবনি ঐনা লাইশোলগুম
'নহাক লাক্লো' 'নহাক লাক্লো'

ঙাহাক্তনি
ওয়োক্লস্ত থুগ্রে নহাক্লা লাকখিবদু, চৎখিবদু।
উনা উনা উবীখিদ্রে
নঙনা উনবা লম্বেল নাকন্দা লেপ্লুবসি।
নহাক্লা অদুম্না চৎপ্রগা
অস্তুমক কৌহৌবনি নমিংদুবু
ওয়োক্লস্ত নুংঙাইজগ্রে নঙবু হন্না হন্না কৌজবদু।

ঐনা ঐগী লৈজবা পুস্বা পুরদুনা
নঙগী নমাংদা লেপ্লুরী
তুমথগ্রবা নঙগী থোংজীন্দা;
নহাক তুমথরম্লে, ফজবস্ত তুমথরম্লে,
উবীনবা কনাস্ত লৈত্রে ঐগী,
ঐগী অমম অঙানস্ত মমিৎ উইশিনগ্রে।

কুইম্নবগী ৱানি
মচু-মচুনা থল্লবা মফম'মদা
হীক হীক কপ্লম্বা ঐনা
নহাক্কী ৱাহৈ অমদা
থিক থিক নোক্না পাওদমখিদনা
অউবশিংনা হায়খি
'মচু ফাগীনি,' 'নঙগী তাৎনি,' 'ঐগী মঙনি।'

নহাক য়াওদ্রবা হুমিদাংৱাইরমদু
ঐমা খল্লি,— মমশিল্লক্লে
ঐ অমম্বদু কি,— অদুবু মমশিল্লক্লে
ঐ কি, অমম্বদু কি,— পুমমম মমশিনখ্রে
সুক্না মল্লবা হুমিদাংশিনা কাইনা ঈশৈ শক্লি
ঐনা লাওম্বি নাকোং মেনশিন্দুনা
"নোং-ঙাল্লো, নোং-ঙাল্লো।"

অমম্বা মরকসিদা

শ্নানা মাতুনা লাক্লে ননাকসিদা

নুংঙাইনা তুম্লিবা নঙগী থোংজীন্দা

নহাক্না চংহন্নীংদ্রবস্থু ননাক্তা

অসিমদি তানিংলি

'ঙসিদি চৎথ্রো হয়েং নোংমা লাকউ।'

# ঐগী অতিথিনা ঙাকপদা

নহাক্তি লাক্লে,
খোৱাংলবা ৱাখল চোং-ফল্লে
ঐগী ৱাখলমিৎচীনা লোম্না য়েংলি মাগী লম্বী।

ফিজী পায়রুম্মু মাবু থামলুম্মু
চৎনা চৎনা লৈদুনা অমুক্তং য়েংলমসম্মু
খোৱাংলবসিদা মানা।

লাইবক্তা তমলমদ্রবা 'মা' চৎথিসম্মু অম্ুম।

মুংতি খুদীং লাইবকসে শুদৎচদুনা
মাগী শঙ্গাঙ্গি সুমাংদা লেপ্লুই
ৱাহং পুরদুনা ঐগী ৱাহংগী
ঙায়রবা মোম্রংগী মচেৎ-মচেৎনা।

নঙদি ঐগী অতিথিনি
পূকৈদা লৈ ইচাক ঈরল
অহুবু মানা ছো লোলম্নে
নঙ ঙাইখোকো ঙাহাক
মহাক লাকপস্ল য়াই
মোন্দ্রং মচেৎ অমদা তোংলদুনা।

ঐগী ইনাক্তা লৈ পিগী সমুদ্র
নঙনা ইরোয় শাম্নৈ
ঈশৈ শক্লা, য়াম্না হরাওনা।

ঐদি হায়জখিবনি মঙোন্দা
লৈরাংগী মরোন্দা
'ঐবু সিবীয়ু ঙকশমদা।'
অশিববু কোল্লদুনা
লৈ মপৈ অমদি মপৈগী মপৈরক্তা
লৈরী মাদি অরাপ্পদা
থরানমিচাক মপৈ মপৈ চাইরদুনা নিংথিবা হকচাংদুদা।

য়েঙোই অতিথি

ঙাহাক পোথাজগে খল্লিঙৈ

মাগী সঙ্গাইগী নুঙাই পুংখোলনা

কাইহল্লে ঐগী নুঙাই মঙলান

ঐ কনাদস্থু ব্রারৌনরা, চান্নবা শেমশারুস্রে

মরমদি ঐদি হাংলবনি

পুমহাং হাংলবনি।

# ঐগী ৱা

হোংলুবা লৈতে ঐ অমুক
অসুমক লৈ তাদুনা কাচীন অমদা— ।

থোকলকখিবনি অয়ুক্কী মশেক্কা লোইননা
অদুবু লৈতরে মফম অসিদা মঙাল
কৈদৌঙৈ লোইরনি কঙাওনরবা লম্বী
য়ুম অমদা ঐগী চান্নবীগা
ঙাহাক পোথা চীবোন ৱারীদা
কাওরদুনা অয়াকপা নুংশা
কৈদৌঙৈ ফম্লনি ঐগী য়ুমদা ।

কনাসু উদে, মিৎয়েং অমত্তনা য়েংলদে
অসুক চাওরবা সহর অসিদা
অরাংবা মরক অসিদা
কদায়দনো ঐনা তাদুনা লৈরীবা
মম্লবা অয়ুক, মম্লবা নুংথিল— ।

মফম অসিদা নুমিৎ খুদীংগী
খল্লি খংবা হৌনবা মথৈ
অওইবা ওইদবগী ঙমথৈ লাল্লদুনা
অদুগা চীকমাং মাংনখি অশাংবা স্বপ্নমপী অমগা।
কদায়দনো লৈরাবসিবো
খংদরে অমুক, ফংদরে অমুক
মিকুপ অমগী লৈত্তাফম বিন্দু অমগী পৃথিবীগিদা।

তারকখিনি খন, মাগী নিংথিবা মীকৌ
ফংলকখিনি খন, মাগী নিংথিবা তম্পাক
লাক্লে ঐদি হেক্তুমক হৌদুনা।

কোইথৎ থৎলি মশা মরেং ফল্লদুনা লম্বী।
নিংথমদগী কালেন
কালেন্দগী নিংথম
অসুমক চৎথরে ঐগী ইপোক নুমিৎ কয়া
অদুগা ঐনা চরাংনবগী চরাংনবসিদা
চপ লেপ্পী মীয়ামগী চয়েৎনববা খোঞ্জেলকসিদা।
অসুম্না ঙাক ঐ ওইখিদে
অহৌবা ঐগী চহী কয়া অদু
তদুবু ঙসিদি

মীয়ামগী মীয়াম মরকসিদা
স্না কৈথেলগী পোৎলক অসিদা
তাদুনা লৈ ঐনা
অহাংবা চুরুট উপু
মোৎলবা য়ুয়োনফমগী মোরোক-মখোক।
নোংমদি লৈরম্বনি মখোয়গীস্ত মতিক।

য়ুমদগী থোরকখিবনি পুরদুনা নম্বো-থাবো
ঐগী চেংজেল
শাংলবা চহী কয়া অসিগী তুং
করিস্ত লৈরমদ্রে করিস্ত থাকহৌদ্রে
চাকথেকখ্রবা চুরুপ তাশ্বিসিদগী।

করিনো ঐনা হায়নিংলিবশি
চুরুট-মথি, মোরোক-মখোক
থুনাম নাঙৈগী কাচীল অসিদা
মসিদি নত্তে ঐনা হায়নীংলম্বদু—।

ঐ নিংশিংলি চীক্লবা ইয়ুম অদু
মচী অমদা খুঙ্গংগী
তুমিৎনা অসুম তাখ্রিবসিগী কদায়রাইদনো অমদা
শাংথ-লেংথা শন্দোকখ্রিবা চীংনাপোমসিগী মনাক্তা

য়াক্লবা লাংবনগী নুংশাদা
চীক চীক লাওবা উনখাক্তা
ঐবু চেৎনা কোনখিবা
ঐনা নোকপদা নোকখিবা
ঐনা কপ্পদা কপখিবা ঐগী ইযুম অদুবু।
ঙসিদি লেপলমদয়েদো ইমাংদা
পন্থৌনা থমলম্বা মল্লবা যুম
অসুমক য়েংদুনা লৈহৌবনি ঐনা চৎখিবদু
পুবা ঙমজহৌদেনে মহাক
খাংবা ঙমজহৌদেনে মহাক
ঐনা চৎখিবগী অয়াকপা শাফু অদু—।

অসুমক চৎখিবনি ঐদি কয়িস্থ খন্দনা
খাবল মঙাল অমদি টিউপলাইটকী মঙাললা
চয়েৎনহল্লবা মমিসিংগী মরক্তা
পুমকাও কাওরদুনা ঐগী ইশক—।

মফম অসিদা লাক্লগা
অয়াংবা অথকপা মঙাল অসিদা
ঐনা কৈদা চৎলুরবা

ঐনা কৈদা লৈরুরবা
ঐনা করি ওইরবা
করিস্সু খংখিদরে ঐ
অস্সুমক লৈ তাদুনা।

কনানো অমগী লুপ্লবা খোংথাং
মোন লিশিং লিশিং লুম্বা
ঐগী থবাক অসিদা ফাওই
কদায়দগীনো অমা লাকই, কদায়দনো'মা চৎখি
ঐনা খঙ্গরম্বদি
মচু অমদি মঙালগী চমথৈ অমদা ঐ লেপ্লী
লুপ্লবা খোংথাং অসি ফাওরকঙৈ
করিস্সু ওইরমদ্রে, করিস্সু লৈরমদ্রে
চরাং-চরাংনবসিদা মেন তাদবসিদা
অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং
ঐনা লৈ অস্সুমক তাদুনা—।

চসিদি
হৌদুনা চেপ্লরুবনি হেক্তা
নঙগী হকচাং মনমবু কাওঙমদনা।

ঐ খংঈ কদায়দনো অমা য়াম্না চীকপদা
নহাক্না ঙাইদুনা লৈরমগনি ঐবু
মিপাইরবা মিৎয়েংনা ইকাইথিবী নতৌ লাকহৎলদুনা
থাবল মঙাল' লুপা মহী চাইথরবা মঙ্গোন্দা
য়েংলদুনা লৈরমগনি ঐগী লম্বী।

মশা মরেং ফল্লদুনা লেপ্লী লম্বী
থৎলদুনা ঐগী লম্বী।
মুংশিবগী ঈচাও হৌরদুনা থমোঈদা
ঐনা লৈরে অস্তুম য়েংলদুনা কঙাওন্নংনা
ঙাহাক নোংথাংগী মঙালদা
উখিবা নঙগী শক্তম অদুবু—।

# ঐগী পাও

ফংদে অমুক
ইশাগী খোংচৎ অসিদা
অরাপ্পা অমদি অনকপদা
পাও অমতুসু তাখিদরে।
করম্বা অয়ুক্তা
সুমিদাংনা ফিজী-ফিনা লোইশিন্দুনা চৎখিবদা,
করম্বা সুমিদাংরাইরমদা
সুংথিলনা অমম্বা অহীংগা থাগোন্নশিবদা,
মাংখিবনো খংজদেনে ঐনা।

মফম-মফম, মচী-মচী খুদীং
চাইথোক্তুনা লৈ নিংশীংখুদম শেমজীন শাজীনবীদনা,
কৈদৌঙৈনো খঙদে
লৈখাঙচারবা আশা অসিদগী কংলায়েনগী অনৌবা ময়োল
চোংলকদোবাদু।

করি মিং থোল্লুনি নঙবু
থাজনা মদোম ইকাইজরবা
য়াম্না থেংলবা অমম্বা মপৈগী অহীং,
ঐনা মাড়ুনা থিজবনি
মাংগ্রবা থাজবু— ইশাবুসু।

ও ! থাজ, হো অহীং
নবানীগী মরি অদুদা অমম্বা অমদি অঙানবগী
ঐগীসু য়াওরমগনি শরূক অমা ।

মফম অসিদা অসুম হায়না কয়াম কুইনা লৈখিনি
ঐনা হংজৈ ।
মফম,
লমহেল্লী য়াম্না
মঙ অমা নত্রগা অমা
মঙখি মফম খুদীং ঐনা লৈরুবা
অদুগা ঐনা শোক্লৈ
অচুম্বা ওইশনু ঐগী মঙ ।
ঐগী মঙ, ঐগী তাইবং
ঐনা পাম্বদুতা, ঐনা থনবদুতা
মফম লমহেল্লী য়াম্না
লেপ্পুনা লৈবা মানা
হন্না হন্না চৈ ঐবু ।
মীচৈশিং অদুদা লোইনমক কাওথ্রবরা ঐবু
নত্তে
কাওবা ঙমদে অমত্তসু

ময়েক শেংনা শেংনা উই, নোংফাদোক্কী শক্তমশিং
করম্বনো
ঐঙোন্দা নৌরীবা লীরীবা
চপমান্নে য়েনীং-থা অত্তুগা নাকেন্থা
অয়ুক অত্তুগা নুমিদাং ।
অসুম্না খংজদ্রে
কদায়দনো অমা লৈখিবদো থিবা ফংদনা
শকখংলুদবা লম অমদসু নত্তনা
পোকপদগী লৈরক্লবা মফম অসিদা
ঐগী শরুক,
ঐগী চাকথুং,
ঐগী ইশক
হন্না হন্না চৎলিবা লম্বেলদা
কয়ারক হন্না তারবা ঈশৈদা ।

ঐগী থমোঈদা
ঈশৈগী ঈচাও তত্তনা হোই খংলব্রা
নোংমদি খনখি
ঐগী অয়ুক নুংথিলগী ফিজোল অসি থম্লগা
ফি-রেল ঙাক্তা শেত্তুনা

ঐনা কোয়থোক্নি নোংমা
পাথরকপা ঈশৈঙ্গী ঈচাওদা তোংলদুনা
থিগনি ফংলগা হন্না হন্না মাংহনজগ্রবা ঐবু— ।

কনাগা করী মরিবু অমুক লৈনরীবগে ঐবু
অদুবু ময়াম অসিদা
ঐনা হেক-হেক হংই
'নঙবু করম তৌরীবগে'
'মুঙাইরী নঙদি'
'অদুমঙাই' ঐনা খুমগনি
পাউখুমদু লাল্লি নঙ থংই
অদুবু য়াদুনা চৎখিগনি নঙদি
ঐদি
নোংমা খোইরুনা মিতম লাক্লগা ঐগী
পূজা অমা তৌগনি ঐনা
মদুদা
অদুঙৈগী ঈশৈ
ঐগী মঙগী রারী, ঈশৈগী ঈচাও,
অরাপ্পা অনকপগী রাকৎ,
লোইশিনবা ঙমদ্রবা শাংলবা রারীসিগী ইতিহাস
খুদীংমক অসিনা লুখা থাগনি
ফংলুনবা মাংগ্রবা ইশাবু— ।

# নোংমা অকনবা নুংশিত্তা তোংলগা

ঐগী লৈকোল
ৱাখলগী পনথৈ
ঙমখৈ লেপ্পা খুদমচু মাঙখ্রে
ঐগী ফমুংদা
মরুভুমী ময়াইদা।

নাক-য়েৎ, তুং-মাং
হৌজিক্তা কোয়শিল্লরে ঐবু
তান্না তাখিবা
অদুঙৈ শকখংখিদ্রবা ঈশৈদুনা

অহানবা মৌসুমীগী নুংশিত্তা তোংলগা
ঐনা হৌজিক্তা কোয়নিংলকখি
শকখংখিদ্রবা শৈহেক অহু থিবা।

ঙাওরবা ঐগী শর
শাওনা হোনগনি ফুইনা নুংশিনুমিদাংরারমসিদা
তুমশীনহজ্জরদুনা ইশাবু অসুম অসুম।

ঐনা ইদোম থকতোকচরক্লে
ঐনা ইদোম থকতোকচরক্লে
থকতোকচরক্লবা খোংচৎ অসিদা
নিংজবগী লম্বী অসিদা
নঙনা মৌ অনৌবীনি
ইপেনতা পেঞ্জবা ঐনা নঙগী নতৌদুদা।

করীগী ঐনা
অয়ুকপু নুমিদাং, নুমিদাংবু অয়ুক ওইহন্নীংউবা।
মকোক ঙাওরবা ঐগী প্রজা
কুক-কুক ইগ্গনা ঐবু কোয়শিল্লরে
ঐনা থবকশুদবা নুমিৎ অসিদা নোংমাইজিংগী
করীগীনো ঐনা হৌদুনা চেন্নীংলিবা
অহানবা মৌসুমীগী অকনবা নুংশিত্তা তোংলগ্গা—।





# বি বি পব্লীকেসনগী অতৈ লাইব্রীকশিং

১। সাহিত্য একাদমীগী মনা ফংগ্রবা পাচা মৈতৈগী

হয়াদ বেগম

( অনীশুবা শায়োণ )

২। মনিপুর আর্টকী ব্রারী শীঙবুন

( মরীশুবা ভোলুম )

অইবা :— মুতুআ বহাদুর

৩। এথলেটিক সেরিজ ( ব্রোডজমপ, অহানবা ভোলুম)

অইবা :— ভারতভুষণ

৪। জগোই শাবী :—

অইবা :- যত্রাসনা